## — কচ্চবা —

পুজ্য পিত।

মগ্লবা তাইবং মালংদা
লম্ফাংলবা মালেমসিদা
ছন্দোকপিবয়ে ইতোমতা নংনা
ঐবু ইপাং কনাস্থ য়াওদনা।

নতুং ইঙ্গগে থৌরাংজবা
লম্বী লৈকমস্থ খংহোদনা
লমঙাউনহৌরে কল্লক যেংথি মরক্তা
হংফম লৈতে চংঙ্কমস্থ খংদে।

নংনা পিরম্বা জ্ঞানগী মৈরাসি
নিংশিং থাংমৈ ওইনা কচ্চবি নখুয়াদা।

তোল্লবা মচা

# ৱাহৌরোক :—

দর্শন হায়বা বিষয় অসি য়ৌক্তিক কালয়া ইচেল অনিদা থায়রোকই । ভারতীয় দর্শন, নোংচুপলোমগী দর্শন হায়না । ভারতকী ওইবা দর্শনসিদন্থু ইচেল অনি থোকই । "আস্তিক দর্শন অমসুং নাস্তিক দর্শন হায়না ।" মথোয়শিং অহুমা ভক্তক অমনা বেদ নিন্দাতৌবা বেদগী য়া লৌদবা পরলোক অমসুং ঈশ্বর লৈতে হায়না চৎপশিংবু নাস্তিক কৌই । মথুদি :— জৈন চার্বাকনচিংবনি ।

বেদ বিধি লৌবা বেদ মার্গ চৎপা ঈশ্বর লৈনিংবা দর্শনশিংবু আস্তিক দর্শন হায়নৈ । মথুদি :— ন্যায়, বেদান্ত, সাংখ্য, যোগ, মীমাংসা অসিনি । অসিদা নত্তনা অতোপ্পা মাধ্ব রামানুজশিং অসিন্থু শিংথানরি ।

'দর্শন' হায়বা ৱাহৈ অসিগী অর্থসি দৃশ্যতে উই নৈনহুনা থংহই হায়বনি জগৎকী অরেপ্পা লেপ্তুবা পোংশক লেপ্পবু দর্শন কৌই । অহুনা উনরিবা অচং চত্ত তাইবং অসি অচুম্বনি-চুমদবনি, অময়নি-অশাননি, অমা সুংঙাইগী মরমদা নৈনৈ । থমোয়গী লাইমন, হকচাংগী লাইনা, অহল ওইবগী অবাবা শিবগী অকিবা অমা অনানা তিন্নবা জীবগী পুন্সিগী বিচারন্থু 'দর্শন' হায়বা ৱাহৈ অসিগী মখুং চল্লি । সংসার কন্নিনো মসিগী অশেংবা মশক, অরেপ্পবা লেপ্তুবদা ? মাগী মখুংসা লৈবগা কজনা সুংঙাইনা পুন্সি লেপ্পবগী কবি উপাই লৈ ?

অসিনচিংবা ময়ম পুন্নমক অসি দর্শন শাস্ত্রনা থংবা ছন্না ।

দর্শন অসিসু শাস্ত্র অমনি । ব্যাকরণ, সহিত্য অমসুং জ্যোতিষশুন্না তোঙান তোঙনবা বিষয়শিংগী মিংথোনি ।

"শাসনাৎ-শংসনাদ্বা শাস্ত্রমিত্যভিধীয়তে ।" শাস্ত্রগী অর্থদি 'শাস্-অনুশিষ্টৌ' ধাতুদা ত্রক প্রত্যয় তৌরগা থোকপনি ।' অহনা য়াথং পীবা, থম-নৈনবা হায়বনি ।' অসিগুম্না ওাকপেন শাস্ত্র য়ায়েন নিয়ম অসিসু তৌ হায়না ইনশিনবা অমা, তৌগদবা হায়না থিংবা অমা মথল অনি গুবি ।

খূদম ওইনা হায়রবদা :—

'স্বর্গ পাম্বদি ইয়াংকদবনী ।' হায়বসি য়ায়েন শাস্ত্রনি ।

"শাপী থাংজিং চারোইদবনি ।" মসিনা অথিংবা য়ায়েনি । অসুম্না অগ্নিষোমগী ওইবা শাবু কংগনি লোয়গনি । হায়রিবা য়াহৈ পরেং অসি বিধি শাস্ত্রনি ।

"জীবশিংবু হাংলোয়দবনি ।" হায়বসিনা অথিংবা য়ায়েনি অসুম্না ন্যায়. মীমাংসা সাংখ্য দর্শনচিংবা দর্শন কয়ামরুম লৈ । দর্শননা অচৎ চৎতবা জগৎ মিথ্যানি থংঙি । মিথ্যা জগৎকী মগুংদা অরেপ্পা অচুম্বা অকুতবু থি' অমসুং থংঙি । ময়ামদা অমথকী, লেপ্তুবদা অরেপ্পা, পুন্নমকী মপু 'ঈশ্বর'বু থি অমসুং থংঙি হায়রহনা বিষয় অসিগী লাইরিকশিংবু দর্শন কৌই ।

লেখক

# সুচী পত্র

# দর্শন মালা

## চার্ব্বাক দর্শনম্

মঙ্গলম্ :—

মক্রুপ্‌বা মাইথোং থম্নালদা
মিংশ্মা থম্ব ল লৈকানা
শুংশিন্নবা মোমোন মিনোক্না
ফজরবা কামগী ফিজেৎনা।
থুরম্নরবা লাই-মী মুনি না
ফজরবা জগোইগী শক্তিনা
জীববু লানবিবা প্রেম মূর্ত্ত
শ্রীচৈতন্য দেববু খুরুমজ।

"ঈশ্বর" হায়রগা থংনবা জগৎ পুম্নমক্কী মপু ত্তাইবংবু লৌশিন্নবা অমা লৈ হায়বা অসি ময়াম্না য়ানরবা রাকম অমনি অদুবু বৃহস্পতিগী মত মথুং ইনবা নাস্তিক (কাফির) ধর্ম্ম চক্ত- থসিংগী মকোক চার্ব্বাকনা য়াদে। মাগী মতি— "ঈশ্বর" হায়বা লাওবং লৌশিন্না অমা লৈতে" হায়রসিনি। মী পুম্নমক্না মানা ওৎপ্রম্না হায় :—

"যাবৎ জীবং সুখং জীবেৎ নাস্তি মৃত্যোরগোচরঃ।
ভস্মী ভূতস্য দেহস্য পুনরাগমনং কুতঃ।

হিংলিবা মথৈ নুংঙাইনা হিংগনি। অশিবগী লোক লৈতে। শিরগা করি তৌগনি? শিরবদি মৈ থাবা কাংবুনা মৈ থাহুনা উং ওনথিনি। কুম্বা কাংবুনা কুম্নগা পত্তুনা পুম-হুনা মাংখ্রবা হকচাংনি"। কদায়দগী অমুক হল্লকনি? অস্থুম্না চংনবী ব্রাহৈশিংনা কুণ্ডুনা অমস্থুং ও'ং হনা পীতি, কাম সাস্ত্রগী মতুং ইন্না লল লৈবা, অপাম্বা, অনিংবথ্ংবা অসিনা মীওইবা পুক্নিগী মহৈ য়ানবনি, অথোইবনি, নুংঙাইবনি খন্দুনা পরলোক্কী রা খন্দে।

মৈ, ঈশিং, নুংশিং, লৈপাক তত্ব মরি অসিনা তিংখং তুম্বৌ হকচাং পুম্নমক শাব্রকই। (১) উনশানা অথোংপা অকনবা অইং অশানচিংবা শোকপদা খংলি। (২) লৈয়েংনা অশিনবা, অখা অথ্রচিংবা সহাউ খংলি। (৩) নাকোংনা কস্তুরী কুম্ব্ম নচিংবা মনম নুংশিবা নমথিবা খংনবি। (৪) মিংনা চকুনি, কিনি, খঙ্গালনি, অচং চক্তবা পোং পুম্নমক উরগা খংনবি। (৫) নাকোংনা তাবা বর্বরগী খোঙ্গেন নুপীনা শকপা নুংশিবা ঈশৈ খোঙ্গেন পুম্নমক তান্নরি। মসি প্রত্যক্ষ প্রমান (শংশং উনা খংবা জ্ঞান) কৌই। হায়রবদি লেংদ্রবা, শোয়রবা অতাব অউবনি। মসি নত্তবা অনুমান প্রনান খুতম চাংদম ভাবনা শাবনি থাজদে, লৌদে। অহুনা অশিবগী লোক লৈতে; বেদনা হায়বা ধর্ম্ম লৌদে; পাপ-পুন্য হায়বা লৈতে। অনুমান প্রমাননা কংনবা খংনবা জগৎপু শেম্বা মপু 'ঈশ্বর' লৈ হায়-বসি য়াদে। মখোয়না হায়— ঈশ্বর হায়বসি নিংথৌনি।

মী অমদু হায়কে কনগে নিংথৌনা ভম্মী। নখোয়গী মশকত্ত উদবা 'ঈশ্বর' হায়হুনা মী কনবা ভম্বরা? অহুনা লোক অসিদা নিংথৌনা ঈশ্বরনি। 'আত্মা' হায়বহু হকচাং অসিমক্কি। তোভানবা আত্মা হায়বা অমা লৈতে। শিবনা মোক্ষ; (অরানবা ফংবা) নি। চান্নবী নুপীগা লৈমিন্নবা আলিঙ্গন চুম্বননচিংবদগী পোকপা নুংঙাইবনা (পুরুষার্থঃ) পোকপগী মহৎ য়ানবা নি। "অঙ্গনালিঙ্গনাদিজন্য সুখমেব পুরুষার্থস্তা" ইতিবদন্তি চার্ব্বাকাঃ। "কন্টকাদিজন্য দুঃখমেব নরকং" তিংথং য়ুবনা চিংবদগী পোকপা অরাবা অদু নরকনি। নরক হায়ব অমা লৈতে। শিরগা নরক তাই হায়বহু অরেম্বনি। হৌজিক হৌজিক ফংলিবা অরা-নুংঙাইবা অসিনি স্বর্গ নরক হায়বহু।" মরম অসিনা য়াবা য়াদবা খন্দনা অহাউবদা চাগনি, অপাম্বদা তোগনি, নুংঙাইবদা চংকনি। মতুংগী রা খংদে। শিরগা পুম্নমক লোয়রে। অরা নুংঙাইবা কোকলে। তুংগী রাবা খনবা শিরগা রারুনি কিবনা হৌজিক হৌজিকী নুংঙাইবা থাদোকফদে। অপংবা রাখন্না শিরগা রারুনি খন্দুনা বিষয়গী নুংঙাইবা থাদোকলিবা নিপাদো শাগুম পংলবনি। মশা রাজগে খন্দুনা মৈদা হোম তৌবা, বেদ অহুনগী রা লৌহুনা কর্ম্ম তৌবা, মশাদা উং তৈশিনবা তপ তৌহুনা চরা হেনবা মখোয় অসি বুদ্ধি লৈতবা নিপা খোক্তবগী থবক্নি।

'বীর ভোগ্যং বসু্ন্ধরাং' অকন-অথৌবতনা ফজবা, নুংঙাইবা অহাউবতনা তিন্নবী পৃথিবীগী বিষয় চাগদবনি। আত্মা হায়বহু

হকচাং অসিনি মরমদি— 'ঐ য়াং কংলে, নোইরে, নুংঙাইরে বারে।' হায়নরি। অহুনা শিদ্রিবৈঙেদা পেন্না চাহৌগদবনি; নুংঙাইথোক্কদবনি, শিরগা মৈ থাদোকখিগদবা নৈনুংদা ফুমখিগদবা অসিবু। হয়েং অথুকী মপোক লৈতে। শিরগা অশিবগী লৈপাক্তা চংলি হায়বদি মতু মচা নুংশিবনা অমত্তা হল্লকই হায়নদবা করিগীনো? হল্লকফম থোকই। শিখিবা মীনা চানবনি হায়হুনা অশিবা মীগী কর্ম্ম তৌনরিবা অসে মশাগী জীবিকা য়েংবা ব্রাহ্মণসিংনা শেম্বনি।

বেদশিং অসিসু মখোয়না লেংবনি। বেদদা হায়রি— জ্যোতি ষ্টোম যাগ তৌরগা স্বর্গ কংঙি।

"পশু শ্চে ন্নিহত্তঃ স্বর্গং জ্যোত্তি ষ্টোমে গমিষ্যতি।

স্ব-পিত্তা যজুমানেন তত্র কস্মা ন্ন হিংস্যতে।"

শা হাত্তুনা জ্যোত্তি ষ্টোম কৌবা যজ্ঞ তৌরগা স্বর্গ কংলবদি জীব হিংসা চপ মান্নবনি শাগী মহুত্তা মপাবুদি করিগী হাত্তবগে? শা হাংপগী মহুত্তা মপা হাংলগা যজ্ঞ তৌবা য়াদবরা? অসিগুম্নবা তর্কশিং অমস্তুং জীব পুস্বদা নুংশিবা চার্ব্বাক কীয়তনি। মসি তাবদা নুংঙাইবা পুক্নিংহুবা পোকই অহুবু মমৈথংদা বেদ নিন্দা, ঈশ্বরবু পাজদবা মরম কয়া লৈবনা কিনিংঙাই ওই। অহুনা মসিবু ভুমনি অয়ানবনি খংহুনা ছিষ্টশিংনা নিন্দা তৌই অমস্তুং লৌনদে।

# বৌদ্ধ দর্শন

বুদ্ধদেবনা চংলম্বা মত মতুং ইগ্না চংপশিংবু বৌদ্ধ কৌই। মখোয় অহুগী জ্ঞানবু বৌদ্ধ-দর্শন হায়নৈ। হায়রিবা বৌদ্ধ-সিং অসি মখোয় মশেল মত খব খর খেন্নবদগী মখল মরি থোকই :—

১। মাধ্যমিক :

২। যোগাচার :

৩। সৌত্রান্তিক '

৪। বৈভাষিক : হায়ং। মমিং থোল্লি। ভগবান বুদ্ধদেবনা মাগী শিষ্যশিংদা তাকলম্মী :— "সর্ব্বং শূন্যং" পুম্নমক অসে অহাংবনি, কবিস্নু, লৈতে। অসিগুম্নবা পাউ ..কশিং অসি থাজদুনা লৌরিবা মখোয অহুবু 'মাধ্যমিক' হায়বা মিং অসি ফংই। মখোয়না খনখি :—

"সর্ব্বং ক্ষণকং সর্ব্বং দুঃখং
সর্ব্বং স্বলক্ষনং সর্ব্বং শূন্যং।"

পুম্নমক—লেংলি পাল্লিবা অসি মিকুপ অমতনি— ক্ষনভঙ্গুরং কে ঙাঁলগুম মঙদবনি। অদুনা পুম্নমকাস অবাবনি। মাগী মাগী কারনদা চংখিগদবা লক্ষণনা পুম্নমক্কি। অদুনা পুম্নমক অহাংবনি।

(২) যোগাচার : - অনিশুবা অতোপ্পা শিষ্য খরনা খল্লে— পুম্নমক অহাংবনি হয়না অসিবু মতৌ করম্না খংনগনি? শূন্য

ওইবা তারেবদি জ্ঞানগীস্নু শূন্য ওইবা তাবনিনা জগৎ অসি মিং তাংবগুম মন্না তাই। অহুনা মপানগী ওইবা অর্থদা জগৎ লেপ্তুবনি মংখিগদবনি হায়বসিদা শূন্যত্ব ওইসনু। মনুংগী অর্থদা শিষ্যনা চংকদবা—তৌগদবা হিরম অনিনি— (২) যোগ হায়বা অমা (২) আচার হায়বা অমা। খংদবা মরম খংননবা হোৎনবা জ্ঞান তানববু "যোগ" কৌই। গুরুনা তাকপা পাউতাক লৌহুনা চংপবু 'আচার' কৌই। অহুনা অহুগুম্বা শিষ্যশিংনা গুরুনা তাকপা "ভাবনা" রাখলগী মরমদা পূম্নমক শূন্যত্ব হায়বনি হায়বসি লৌহুনা চংলি। মরম অসিনা মখোয়বু 'যোগাচার' কৌবা মিংথোল ফংলি। মখোয় অসি মপান্দা অহাংবনি বিজ্ঞান মথৈত লৈবনি—'বিজ্ঞান মাত্রাস্থিত্ব বাদিনঃ ইতি হায়না হায়। মসিদগী হৌরকই হায়ঙমদবা 'বাসনা' —হৈনবী অপাম্বনা খুহুম চন্দুনা বুদ্ধি অসিনা মওং মশক ময়াম ওইনা ঙাল্লি। অম্নুম্না গুরুনা তাকপিবা 'ভাবনা' —রাখলগী মরি অসি খংবগী পাঙ্গলনা বাসনা পূম্নমক কথংপা, বিষয়শিংগী মওং মতৌং পুক্লিং লাংহন্দবা শেংলবা জ্ঞান পোকলকপনা মোক্ষঃ বু পাংথোকই।

(৩) সৌত্রান্তিক :— সৌত্রান্তিক কৌবা শিষ্যশিংনা হায়রি— অশংবা, অঙাংবা, অঙৌবা, অমুবনাচিংবা মপান থোংগী অর্থ লৈতনা অমম্নুং খংদনা বিজ্ঞানতনা ওইগনি হায়বসি হায়ঙমতবা রানি। মপানগী খংদনা মনুং খংবা য়ারোই। অহুনা মপালগী অর্থ লৈগদবনি। গুরুনা মপানগী অর্থ তাকপিরবম্ম মহু শংশংনা খংবা ঙমদে। তৌইগুম্বস্নুং 'অনুমেয়ং' অনুমাণ

প্রমাননা খংগদবা ওই। মতু 'সূত্র' কয়ানা ওইগদগে হায়না হংঙি হায়রুনা মখোয়গী মখিং 'সৌত্রান্তিক' কৌনখি। সূত্রা-ন্তং পৃচ্ছন্তিতে—সৌত্রান্তিকাঃ। হায়দোকপদা খখিক্ত ওইবা অর্থদনা য়াম্বা য়াহৈ অহুবু 'স ত্র' কৌই।

(৪) বৈভাষিক :— অতোপ্পা শিষ্য খর অমনা হায় :— য়াখল খংনবগী পাঙ্গলদি মপানগী অর্থনি। মসি চক্ষুনি, মসিনা ফিনি হায়না মপানথোংদা খংনরি। মসিবু 'প্রত্যক্ষ প্রমান' তশেংনা মিংনা উবা, নাকোংনা তাবা অখংবা ওইবনা প্রত্যক্ষত্ব অসি লৌয়গনি অমস্তুং লৌনরি। গুরুনদি অসি-গুম্বা উরিবা, তারিবা, প্রত্যক্ষশিং লেংলি পাল্লিবা পূম্নমক অসি 'শূন্য' অহাংবনি হায়না তাক্রলে। মতুংদা কনা কনাগুম্বশিংনা জ্ঞানমক্তনা অরেপ্পনি হায়না নিংলে। অমুক কনা কনাগুম্ব-শিংনা মনুং মপাল অনিমক অরেপ্পনি খন্দুনা লৈরিবা মওং মতৌ (ফিবম্) শিং অহু খঙ্গদবনি। অমস্তুং অনুমান তোগদ-বনি। অস্তুম্না ভাংতুনা গুরুগী মাইয়োক্তা—বিরুদ্ধভাব ওই-হুনা ভাংলিবা খংলিবশিং অহুবু বৈভাষিক কৌই। মরম অসিনা মখোয়বু প্রত্যক্ষবাদী—অউবা, অভাবদা ভাংবা উংপা হায়নস্তু কৌনৈ। খোয় অসিনা জগৎকী কারন অসি :— লৈপাক, মৈ, ঈশিং, নুংশিং মখল মরি অসিগী পরমানুশিংতবু কল্পনা তৌই।

বৌদ্ধ মতকী তুংইনবা পূম্নমক্তা :— পূম্নমক মিংকুপ্পা মাংগদবনি পূম্নমক অয়াবনি। মশা মশাগী খুদম চেনবনি পূম্নমক অহাংবা শূন্যনি হায়বা য়াখল মরি অসি য়ানরি।

মতৌ অম্বুয়া মপানগী অর্থ অচুম্বনি—অরেপ্পনি হায়বনা অরাবশিংগী লম্বী খিংবা—অর বা ফংদনবা হোংনবদা থোওং খেন্নবদগী তত্ব মখল মরি থোকই। "সদসৎভয়া নুভয়াত্মক চত্তু, কোটি বিনির্মুক্তং শুন্যমেব।" অরেপ্পা অমা, লেপ্পবা অমা, অরেপ-লেপ্পবা অনিগী মশক ওইবা অমা অরেপ-লেপ্পবা অনিমক ওইদবা অমা। থাক মরি অসি লান্থোকলগা শূন্য অহাংবত্মক ওইরে। নৈপাক ঈশিং, মৈ-নুংশিং মখল মরি অসিগী পরমানুশিংবু জগৎকী কারননি নিংনৈ। মখোয় অসিনা নুংঙাইবা পীবনি। ম; অরেপ্পা নৈতবনা পূম্নমক অৱাবনি, পূম্নমক মিকুপকিনি, পূম্নমক অৱাবনি, পূম্নমক খুদমতনি পূম্নমক শূন্যনি। অম্বুয়া মখল মরি অসি য়ানরি। মতুদা অহানবমক্তদা অৱাবা 'দুঃখ' শব্দগী অর্থদা-"বিজ্ঞান, বেদনা, সংজ্ঞা সংস্কার রূপ" হায়না মখল মঙা থোকই। মসিবু মশা মঙা কৌই। মসিবু লেংদ্রবনি হায়না খংঙ বা (বিজ্ঞান) নি। অরানবা অকাউবশিং অসি রানবগী মরমনি। বেদনা—অৱাবা, অৱাবগী মরম অসি হুক্তিন্নবা কোক্লবগী উপায়, পূম্নমক মিকুপ অমতনি হায়না খন্দোকপা অসিনা 'ভাবনা' কৌবা লম্বীনি। পূম্নমক্তা নিংবা কায়বা অপাম্বগী মশক্তো 'বিরোধ, অপনবা অথিংবনি। অপাম্বা নৈতবা অহুমক্তি 'মোক্ষঃ' অরান খুঙম হায়বসি। মশা মঙাগী খুদম্দি—'ভাবনা' মরিনা তিনবা "সর্ব্বং ক্ষণকং সর্ব্ব দুঃখং সর্ব্বং স্বলক্ষণং সর্ব্বং শূন্যং" অসিনি। মখোয়শিং অসিনা প্রত্যক্ষ অনুমান প্রমান অনি অসিত লৌই।

# আর্হত দর্শনম্

পরমেশ্বর নিংবশিংবু আর্হত কৌই। মখোয়গী দর্শনবু আর্হত দর্শন কৌই। মসিদা জীব-অজীব (থব্রাই পানবা-থব্রাই লান্দবা) পাপ, পূণ্য, আশ্রম-সংবর, বন্ধ-নির্জর অমসুং মোক্ষ: অসুম্না তত্ব মাপল খক লৈ। হুদি :—

"জীবাজীবৌ পাপ-পুন্যে চাস্রব সংবরোঽপিচ
বন্ধো নির্জরণং মুক্তি রেষাং ব্যাখ্যা থুনোচ্যতে"।

আর্হত দর্শন মত চফু ফির্নচিংবা পোংশিং অসি লৈ অমসুং অরেপ্পনি হায়না লেপ্পদি ওয়দে। লৈত্তে হায়বসু ওয়দে। অহুনা পদার্থ-পোং পুম্নমক ওই-ওইদবগী মরক্তা লৈ। মখোয়না হায়—"চংখোননা থংবা উবা ওস্না জ্ঞান লৈননা অমসুং অফবা লমচৎ চৎপনা অরান খুকম ফংই"।

(১) বোধাত্মকো জীব :— অথংবা হায়বগী মশক্তু জীবনি।

(২) অবোধকস্ত্ব জীব :— থংদবা থব্রাই পান্দবা অদু অজীবঃ নি।

জীব অসিদা মখল অনি ওরি-- সংসারিনঃ জীব, মোক্ষ জীবঃ "সংসার অসিদা হিংলিবা লৈরিবা তাইবং চিঙ্গাক চারিবা অদু সংসারিণ জীবনি"। "অরান খুকম ফংলবা তাইবং লীলা য়াওদ্রবা পোকপা শিবাগী রাংমদু মোক্ষ: জীবনি"।

সংসারিণ জীবদা মখল অনি অমুক থোকই। পুক্নিং লৈবা সমনস্কা পুক্নিং লৈত্তবা হায়না অমনস্কা জ্ঞান লৈববু পুক্নিং লৈবা কৌই। শিক্ষাগী থবকশিং রারি রাত্তাইবু শান্নবা রাবশিং অসি সমনস্কা কৌই। শিক্ষাগী থবক্তিংবসি লৈত্তবশিং

অহুবু অমনস্কা'—পুক্নিং য়াউদবা হায়বনি। অমনস্কা অসিসু মখল অনি অমুক শুই— ত্রস-স্থাবর হায়না। ত্রস:— মি-পাইবা, অকিবা খংবা। দ্বীন্দ্রিয়— ইন্দ্রিয় অনিখক্ত লৈব জীব মহুদি— মোইরুং থবোইনচিংব মশক য়ামখে।

স্থাবরদা— পৃথিবী, অপ, তেজ, বায়ু, পাম্বীসিং অসি স্থাবর ওাক্তনি।

৩। পুন্য:— লোক্তী ফনবা তৌবা, মীনা চানবা নিন্দা লৈতবা ধর্ম্মাগী থবকশিং পুন্যনি।

৪। পাপ:— লোক্তী মাংনবা মীগী ফত্তনবা তৌবা নিন্দা লৈবা থবকশিং পাপনি।

৫। আস্রব:— পেংথোকপা, মশক হোংলকপা, হকচাং লেংবা ইন্দ্রিয়শিং চঞ্চল ওইবনা আত্মা চঞ্চল ওইববু আস্রব কৌই। ইরুপ্পা মীগী মিং নাকোংদা ঈশিং চংবগুম 'কাষায়' অপাম্বা শাউনিংবা, মিহৌবা লৌনিংবা, ঐনা মহেল্লে খনবা শুক্কংপা মায়াশিং অসিনা আত্মাদা তিল্লি। অচোংপা ফিদা মুংশিংনা পুনকপা উংকনা পকপগুম 'কষায়' তিল্লবা আত্মাদা ফত্তবা পাপ হিসগা থবকশি পোকহল্লি।

আস্রব হায়বসি মখল অনি শুই— অফবা অমা, ফত্তবা অমা হিংসা তৌদব নিন্দা লৈতবু অফবা কায় যোগ কৌই। অচুম্বা, নুংশিবা, চাংকম্বা, অফবা য়াঙাংবু অফবা বাগ-যোগ কৌই। সংধু শুবদা শক্তনা লোনচিংবা থাজবা অহুবু অফবা মনোযোগঃ কৌই। অসিগা ওন্নবসিং অহু ফত্তবা আস্রবনি।

আস্রবশিং অসিনা বিষয়সিংদা ইন্দ্রিয়শিংবু নিপা থোক্না চিং-শিলহল্লি।

**বন্ধ** :— অপুনবা পুন্নবা থৌরি ওইবা কষায়না তিনব জীব অসি মহৌশানস্থ 'পুঙ্গল' ওই। পুঙ্গলা—"পুঙ্গং দেহ সমূহং লাতি আদত্তে ইতি আত্মা" —দেহগী মপৈবু আত্মানা লৌই। কষায়শিংনা আত্মাবু পুল্লি। আত্মাবু পুনবগী মরম অসি মিথ্যা দর্শন-ওইদববু ওইবগুম তোহনবনি। থৌরিবু লিল-গুম্না উবগুম অবিরতি প্রমাদ— তত্তনা ময়াইকাবা—সংসারী বিষয় চাবা অসিনা আত্মাগী বন্ধনি।

৭। **সংবর**—হঙ্গিনবা—জগৎকী ইচেল-আস্রব থিংববু সংবর কৌই। "আস্রবো ভব হেতুঃ স্যাৎ সংবরো মোক্ষ কারণম্। তাইবংগী বিষয় চাবা অপাম নুংশিগী ইচেন্দা তাউবনা অপুনবা পোক্লবনি। বিষয় থাদোকপা অপাম-নুংশি কককথংপনা অরান খুফম ফংনবা মর নি।

৮। **নির্জ্জর**— তানশিল্লুববা কর্ম্মাশিংবু তপস্যানচিংবনা মাংহনববু নির্জ্জর কৌই।

৯। **মোক্ষ**— ওফা অপুন লৈতবা কর্ম্ম পূম্নমক কোকলবা কর্ম্ম লৈতববু মোক্ষঃ কৌই। ক্লেশ-অরাবা পুম্বা কোকলবা বাসনাগী মরিক পক্রুবা নুংঙাইবগী তুংনফম আত্মাগী লোক অহুদা লৈববু মুক্তি কৌই।

চার্ব্বাকনচিংবা আর্হতনা লোম্বা— (১) চার্ব্বাক (২) মাধ্যমিক বৌদ্ধ (৩) যোগাচার বৌদ্ধ (৪) সৌত্রান্তিক বৌদ্ধ (৫) বৈভাষিক বৌদ্ধ (৬) আর্হত মত তরুক অসি বেদ বিরোধী ওইবনা নাস্তিকনি হায়রি।

# রামানুজ দর্শন

"ঈশ্বর শ্চিদচি চ্চেতি পদার্থ ত্রিতয়ং হরিঃ।
ঈশ্বর শ্চিদিতি প্রোক্তো জীবো দৃশ্য মচিৎ পুনঃ।"

রামানুজ কৌবা আচর্য্যগী মত মতুং ইন্না মরু ওইনা তত্ব অহুম লৈ। মতুদি— চিৎ-জ্ঞান লৈবা, খংবা ঙম্বা, অচিৎ-জ্ঞান লৈ-তবা খংদবা অমা, জগত্তা লৈরিবা জীবশিং 'চিৎনি' জ্ঞান লৈবনি মখোয়না বিষয় চারি। জীবগী চানবা বিষয়শিং জ্ঞান লৈতবশিং অসিনা 'অচিৎ' কৌই। 'চিৎ-অচিৎ' অনি অসিবু খংবা অনি অসিগী নিয়ম তৌরিবা মপু অদুবু 'ঈশ্বর' কৌই। মহাক্তি পুম্নমক্তগী থোইদোকই। গুণশিংনা তিল্লি। ঐশ্বর্য্য (১) তরুক্তা পরিপূর্ণ ওইরবা (২) 'ঈশ্বর' অসিদি চিৎ, অচিৎ-থরাই পানবা-পান্দবা পোৎ পুম্নমক্তা শিন্দুংনা লৈ হায়দুনা 'আত্মা' থরাই হায়না কৌনৈ। চিৎ-জড় অনি অসিমক 'পর-মাত্মা' ঈশ্বর অদুগী হকচাংনি। মদুদা জীবনা পরমাত্মা অদুগী অংশ (মচেৎ-শরুক) ওইরগম্মু জড় পদার্থগী আত্মা ওই। অসি গুম্লবা পদার্থ (পোৎলম) অহুম অসিগী তত্ব তশেংব মরম অসি তশেংনমক অমগা অমগা তোঙানৈ থেমৈ। মনুংদা লেংদবা মরিম্মু লৈনৈ। মরম অসিনা পরমাত্মাবু— মাগী জাতিগী ওইবা; মীগী জাতিগীম্মু ওইবা; মশা মথন্তগীম্মু ওইবনি।

---

টীপ্পনী :—

(১) ঐশ্বর্য্যঃ বীর্য্যঃ যশঃ সৌভাগ্যঃ জ্ঞানঃ বৈরাগঃ।

(২) ক্লেশ বিপাকাশয়ৈ রপরা মৃষ্ট পুরুষ বিশেষঃ ঈশ্বর।

মরম অসিনা খোবা লথল অহুম্না তিল্লি হায়না রামানুজাচার্য্যনা নিংঙি। অস্মুম্না খেন্নরবদস্মু অথোইবা হকচাংদি অমত্তা ওইবনা অনিথোক্কে নিংবশিংগী মতকা মান্নে। মায়াবাদকী মত অহু য়ানিংদে। পরিণামবাদ-মীমথংগী ফলতবু হায়বা অহুবু য়ারগস্মু অরেপ্পা জ্ঞানতবু "সমর্থন" তৌই থাগৎলি। মখোইগী মতত্তা "জীবন্মুক্তি" হিংলিঙেদগী অরান খুৎম ফংবা হায়বসি লৈতে। অরান-খুফম ফংবদস্মু জীব-ব্রহ্ম অনিসি তোঙানে। তশেং-বমক পরমাত্মাগী মশক শংশংনা খংবা অহুমক্তনা মোক্ষনি অরানবা ফংবনি হায়না নিংঙি অমস্মুং খংনৈ। মোক্ষদস্মু জীব-ব্রহ্ম অনি অসি তোঙানৈ। পরমাত্মাগী মশক খংলবা মতুংদা মাগী মনাই ওইবা অহুনি মোক্ষ হায়বহু। মহুগী উদাহরণ স্মৃতিনা প্রমাণ পিরি :—

"ভিদ্যতে হৃদয় গ্রন্থি ছিদ্যন্তে সর্ব্ব সংশায়ঃ।
ক্ষিয়ন্তে চাস্য কর্ম্মাণি তস্মিন্ দৃষ্টে পরাবরে"।

মুঃ উঃ ২।২।৮

পরমাত্মা জ্ঞানগী ফল হায়রি :—

থমোইগী কিশি— বুদ্ধিদা চংলিবা মায়া-মোহগী বাসনা অপাম্বাশিং মাংঙি। খংবদা চিংনরম্বা কোকলে। অবিদ্যা চং-দ্রবা„ চিংনবা কোকলবদা বিজ্ঞান পোকলে। মমাংদা হান্নরা তৌখিবা— নহালংকী মপোক্তা তৌরকপা কর্ম্মগী ফল পুম্বা জ্ঞান পোকপগা লোয়ননা ময়েং তারে মাংলে। (তস্মিন্ পরাষারে) পুম্নমক খংবা সংসার তাইবংগী নত্তবা ১স্নুং তাইবংগী কারণ

লংলা লংজিন ওইবা, কার্য্যগী মশকন্ত্র ওইবা ব্রহ্ম অদুবু শং-শং খংবা তশেংবমক ঐ ব্রহ্মমক্তি । "অহংব্রহ্মাস্মি" অস্তুম্না খংল উরবদা সংসারগী কারণ হৌরকক্ষম লংলা লংজিন ককথংপদগী মুক্ত ওইরে হায়বা অর্থনি ।

'ব্রহ্ম' হায়বদু কদায়নো, করিবু কৌবগে ? হংলবদা 'যস্মা-জন্ম যত' —ব্র, সূ, ১।১।২ সূত্র অসিনা পাউখুম্নি । জগৎ অসিগী পোকলকপনা চিংবা—শেমগৎ শাগৎপা চাউখংহনবা অমস্তুং মাংহনবা পুম্নমক অসি মতোন্দগী ওইবা মদু 'ব্রহ্ম'নি ।

অসিগুম্নবা খনবদা খঙঙমদ্রবা 'ব্রহ্ম' অসি করিনা প্রমান ওইদুনা খংনেগনি ? হায়বসিদা— "শাস্ত্র মেব প্রমাণম্" "শাস্ত্র যোনিত্বাৎ" ব্র, সূ, ১।১।৩ ব্রহ্ম খংনবগী প্রমান শাস্ত্রনি । শাস্ত্র অসি ব্রহ্মদগী পোকপনি । অদুনা শাস্ত্রনা প্রমাণ ওইরে । "যতো বা ইমানি ভূতানি জায়ন্তে"— মতোন্দগী ভূত ময়াম্ব অসি পোকই হায়বনচিংবা প্রমাণ ময়ামশিং অসিনা ব্রহ্মনা জগৎকী কারণ ওই হায়বসে লেংদ্রবা প্রমাণনি ।



# মধ্ব দর্শণম্

মধ্ব দর্শণবু পুর্ণ প্রজ্ঞ: দর্শন হায়নস্ু কৌনৈ । মরমদি— আত্মাতত্ব থোকহনবা খংহনবা শাস্ত্রদা মপুং ফাৰবা জ্ঞান লৈবা অদুবু "পুর্ণ-প্রজ্ঞ" কৌই । মধু কৌবা মীংদা আচার্য্য ফমগা

সন্ধি তৌরগা মধ্বাচার্য্য অমস্মুং 'মধ্ব-দর্শন' হায়নস্মু কৌই। 'পূর্ণপ্রজ্ঞাচার্য্যগী পোকপসি শক ১১০০দা কর্ণাটক দেশদা রজত পীঠ (উদ্রপী) কৌবা খুঙ্গংদনি। মমাগী মমিং "বেদ-বেত্তা" মপাগী মীংনা ' ধ্য গেহ' কৌই। মাগী মহে তম্বিবা গুরুনা 'অচ্যুত প্রেক্ষ্য' কৌই। মধ্বাচর্য্য'সি মুংশিংকী অহুম শুবা শায়োন্নি (অবতার) হায়না নিংনৈ। মতুদি :—

"প্রথমস্তু হনুমান স্যাৎ দ্বিতীয়ো ভীম এবচ।
পূর্ণ প্রজ্ঞ স্তৃতীয়শ্চ ভগবৎ কার্য্য সাধকঃ।"

অহানবা অবতারদা হনুমান ওই। অনিশুবা শায়োন্দা পাণ্ডব ভীম ওই। অহুমশুবা মপোক্তা পূর্ণপ্রজ্ঞ ওইখি। শ্রীভগবানগী গুণ, লীলা বর্ণন তৌখি।

পূর্ণপ্রজ্ঞ-মধ্বাভার্য্য অসিনা কেশব শ্রীকৃষ্ণদা মশা কৎলবা (আত্মা সমর্পণম্) বুদ্ধিনা মহাভারতকী 'তাৎপর্য্য নির্ণয়' কৌবা লাইরিক ইখি।

মহাক অসিগী মত অসি দ্বৈতবাদ— অনিথোকপনি। অহান-বদা তত্ব মখল মঙা থোকই :—

১। জীবগা ঈশ্বরগা তোঙান্নৈ।
২। জড়গা ঈশ্বরগা তোঙান্নৈ।
৩। জীবগা জড়গা তোঙান্নৈ।
৪। জীবশিংস্মু জীব মশেন খেন্নৈ।
৫। জড় মশেলস্মু খেন্নৈ।

অসিগুম্নবা খেন্নবা মখল মগা অসি 'সত্যং' অরেপ্পনি 'অনাদি' হৌরকফম নাইদে। হৌবা নাইরবদি মাংবা নাইবা তাই। অদুনা মখোয় অসি করিগুম্বদা হৌবা-মাংবা নাইদে। মখল মগা অসি খুৎশেম নত্তে। খুৎশেম ওইবা তারবদি মাংবা তাবনি। মরম অদুনা মসি 'সত্য'নি অনাদিনি। আদি লৈ, নাশ লৈ হায়না অনিথোকপদি য়ারোই। মাঙ্গদবা মাংদবা হায়না অনিথোকপা লৈ, মসি ওইরোই হায়রিবা মত অদু জ্ঞান লৈতবশিংগী মতনি। হৌরকপ অমা, মাংখিবা অমা—পোকলকপা অমা, শিখিবা অমা) অনুম্না ওইরোই। মসিগী মরমদা শ্রুতিনা প্রমান পিরি। মদুদি

"সত্য আত্মা সত্যো জীবঃ
সত্যং ভিদা সত্যং ভিদ.।
সত্যং ভিদা মৈবারুবন্যো
মৈবারুবন্যো মৈবারুবন্যঃ।"

অর্থ :— আত্মা পরমাত্মা অনিমক অরেপ্পনি। ভূত-ভবিষ্যৎ বর্ত্তমান মতম অহুম্মক্তা অপনবা লৈতে। জীবাত্মা পরমাত্মা অনিগী খেন্নবা অসিসু অরেপ্পনি। "মৈবারুবন্যঃ" হায়-বসিদা— মা+এব+আরুবন্যঃ" হায়না য়াহৈ পদ অহুম থোক্ত খায়দোকলগা অর্থ তৌগনি। মা শব্দগী অর্থ তৌগনু হায়বনি অদুগা ককথৎপা অর্থ থংনৈ। 'এব' শব্দগী অর্থ অরেপ্পা ফোংদোকপনি। 'আরুভিঃ স্তুষ্টৈ :— ফত্তবা মীশিংনা, 'বন্য—আরাধণীয় নিংগদবা ওই। অপুনবা অর্থদা ফত্তবা মীশিংনা

নিঙ্গদবা সেবা সৌগংবা ওইদবনি। হায়রিবা প্রমাণ অসিনা 'ঈশ্বর' লৈত্রে হায়বা বত্থু 'নিরীশ্বরবাদ'নদি 'জীবাত্মা পরমাত্মা' জ্ঞান করি খঙ্গনি ? 'সজাং ভিদা' হায়বা রাইহনা অহুমক হয়া হায়রুবনা খেন্নবা অরেপ্পা অহ চেংশিন্নবগীদমক্কি। শ্রুতিদস্তু শেগনা অসি হুশেং হুশেংনা তাকলবনি। খেন্নদবা ওইরবদি 'সেব্য সেবক ভাব'— মপু মনাই হায়বসি লৈরোইদবনি। অহুনা 'অনুমান' প্রমাণনা খেন্নে হায়না লেপ্পী। জীবদগী তোঙানবা 'পরমেশ্বর' হায়বা অমা লৈ হায়বসি পাংথোকলে। জীবগী ঈশ্বরনা সেব্যনি অমসুং জীবনা ঈশ্বরদুগী সেবকনি। মহাত্মা মহাত্মী সেব্য ওইরবদি মহাক অদো তোঙাল্লে খুদমদি :— মনাইদগী নিংথৌনা তোঙাল্লি। মসিদা মনাইনা সেবকনি, মপু-নিংথৌনা সেব্যনি। অহুনা মপুগা মনাইগা তোঙাল্লে।

"প্রভূতং ম মেস্ত্যদ্দং তু বশতোহপি মাভূর্দার্ত।"

'ঐগী লল য়াম্না লৈদনু লাইরব মচেং অমত্তা ওইদসনু।" অসি হায়না খনবা নিপাশিংনা নিংথৌগী অথোইবা গুণশিং শকশাল্লি। নিংথৌনা মখোয়গী নিংবা থুংহল্লি। সনা-লুপা মনা পী। নত্তহুনা পোইচং রাংচংননা ঐস্তু মী অমনি, নংগুম্বনি, নংনা করি হেনবগে হায়হুনা নিংথৌদা লংনরবদি মাবু হাংপনা চিংবা মহিক ১০০ হকনবা দণ্ড পী। অচৌ-অশাংশিংবু থওয়-উশিত্তবা মওদা মখোয়গী নেন্দবা ওই। মঙোন্দা নংদি ঐগী লাংনবানি, নং। করিদা হেল্লি ? হায়রুরবদি মানা ওয়া পিনিংবা দণ্ড পীরকা জাবনি।

মতৌ অসুম্মা জীবগা ঈশ্বরগা অনি অসি থেৈম্রে, তোঙাম্রে। থেম্নদে হায়রবসি হায়বা য়ারোই! 'ব্রহ্ম বেদ ব্রহ্মৈব ভবতি'। ব্রহ্ম খংলগা ব্রহ্ম অহুমক ওই হায়। শ্রুতি বচন লৈ হায়রবসু জীব-ঈশ্বর অনি থেম্নদে হায়বা য়ারোই। প্রমান অমদা ভক্তিগা লোয়ননা + ব্রাহ্মণবু পূজা তৌরগা শূদ্রনা ব্রাহ্মণ ওই হায়বগুম্বনি শ্রুতিনা। থেম্নদে হায়বসি থাগৎ য়াহৈনি। খুদম ওইনা হায়রবদা ব্রাহ্মণ পুজা তৌবা, তিম্নজবা, সেবা তৌরবনা শূদ্রনা ব্রাহ্মণ জাতি অহু ফংদে তৌইগুম্বসুং ব্রাহ্মণগুম্না থাগচনিগুঙাই ওই হায়-বনি। অহুগুম্না 'তত্বমসি' হায়বা মহা বাক্যদসু অহম্মক মথৈম্রে তস্যত্বং-তত্বং" মহাক অহুগীনি নং অসুম্না ষষ্ঠী সমাস য়াবনা অহুগুম্নবা পরমেশ্বরগী মনাইনি নং অসুম্না অর্থ তৌই।

নত্রগা "স আত্মা তত্বমসি শ্বেত কেতঃ" উদালকনা মাগী মচা শ্বেতকেতুগী মফমদা পাউতাক পিবা য়াহৈ পরেংশিংদা— 'আত্মা অতৎত্বং' অসুম্না পদ থাইদোকই। 'অতৎ' হায়বসি নঞার্থ ভেদনি। নিংতম্বনচিংবা গুণশিংনা তিনবা মহাক অহু পরমাত্মানি। 'ত্বংতু অতৎ' নংদি আত্মা অহুদগী তোঙানবা মীখাপোনবা জীবনি। অহুনা জীব-ঈশ্বর অনিসি 'সেব্য-সেবক' মপুংফনাই ওইবনা তোঙান্নবদা সিদ্ধ ওইরে— পাংথোকলে। সেবাসি মঙ্গল অহুমনি :—

অঙ্কণ, নামকরণ, ভজন অসুম্না থাইদোকই। অঙ্কণ কোবা

টিপ + জন্মনা জায়তে শূদ্রঃ সংস্কারাদ্ভবতি দ্বিজঃ।
বেদ-পঠাদ্ভবেৎ বিপ্রঃ ব্রহ্ম জানাতি ব্রাহ্মণঃ।

সেবাদি— শঙ্খ চক্রনচিংবা শ্রীনারায়নগী খুলাই য়েকপা মুদ্রা, মন্ত্রনচিংবা ধারণ-শিজবা অহুনি ।

"অতপ্ত তনু র্ণতদামো অশ্নুতে ।"

মী মহাক অহুনা বিষ্ণুগী খুংলাই য়েকপা মুদ্রা ধারণ তৌবদা অরা-অনা খাংদ্রবা মহাক অহুদি শ্রীবিষ্ণু-পদ ফংদে ।

মধ্বানুয়ায়িশিংনা ব্রহ্মাণ্ড-পুরাণদা হায়রি :—

"কৃত্ব ধাতুময়াং মুদ্র তাপয়িত্বা স্বকাং তনুম্ ।

চক্রাব্দ চিহ্নিতাং ভূপ ধারয়েৎ বৈষ্ণবঃ নরঃ ।" ইতি

ধাতুগী যন্ত্র শারগা মাগী মশাদা চাকহল শাহল্লগা চক্রনচিংবা খুদমবু হে নিংথৌ ? বিষ্ণুগী মনাইশিংনা পুগনি—মশাদা খুদম পকহনগনি ।

অগ্নি পুরানদা মুদ্রা ধারণগী মরম তাকলি :— ব্রাহ্মণনা খুং য়েক্তা সুদর্শণ পুগনি । খুং ওইদা শঙ্খ পুগনি হায়না ব্রহ্ম খংবশিংনা খংনৈ মন্ত্রসু উংলি :—

"সুদর্শণ মহাজ্বাল কোটিসূর্য্য সমপ্রভ

অজ্ঞানান্ধস্য মে নিত্যং বিষ্ণোর্মার্গং প্রদর্শয় ।"

"ত্বং পুরা সাগরোৎপন্নো বিষ্ণুনা বিধৃত করে ।

নমিতঃ সর্ব্ব দেবৈশ্চ পাঞ্চজন্য নমোহস্তুতে ।"

২ । নাম করণ সেবা :— মচা মশুদা কেশব নারায়ণনচিংবা শ্রীবিষ্ণুগী মিং থোনবা কৌববু 'নাম করণ সেবা' কৌই । মতুনা তত্তনা শ্রীনারায়ণবু নিংশিংহল্লি । মসিগী প্রয়োজন অজামিলগী ৱারিনা খুদম্লি ।

৩। ভজন সেবা :— নিংজবা সেবাদা— মানসিক, কায়িক, বাচিক হায়বদি পুক্নিং-হকচাং-ৱাহৈ মখলশিং লৈবনা মখল তন্না শুই।

বাচিক :— অচুম্বা, অকবা, নুংশিবা ৱাহৈশিং বেদতম্বা ঔৱাইবা মরি অসি ৱাহৈগী ভজননি।

কায়িক :— পীথোকপা, লানবিবা, ভাকপিবা মখল অহুম অসিনা হকচাংগী ভজননি।

মানসিক :— চানবিবা নুংশিবিবা থাজবা মখল অহুম অসি পুক্নিংগী ভজননি।

নিংজবা পুন্নমক্তা কান্নবদি শ্রীবিষ্ণুগী থৌজান ফংবা অহুতনি। মানা পেনবিবা চানবিবা অহুতনা জীবগী মঙ্গলনি। 'জীব' হায়বসি অনুগী চাংনি। য়াম্না কুপ্পবু অনু কৌই। মহুগী প্রমান :—

"গবাক্ষরন্ধ্রে সূর্য্য কিরণ স্থ রজঃ।
তস্য ষষ্টতম ভাগং পরমানু রিত্যুচ্যতে"

অয়ুক্কী নুমিৎ মঙাম্না থোংনাউগী অহোবদা ইমুং চংলক্লুনা ভাক্লিবা নুংশা অহৃদা পাইবিবা উংরুল মবিক অমগী তরুক থোক্না থায়দোকপগী শরুক অমাদো 'অনু' কৌই। জীবস্য অহৃক কুপই মশক উবা ফংদে। অহুগুম্নবা জীব অহৃনা মোক্ষঃ হায়বদি অৱানবা থুকম ফংবা মতমদস্য পরমেশ্বর অসগী মনা ...।

'বেদ' হায়বসিস্য খুংশেম নত্তে। "অপৌরুষেয় ইতি শ্রুতে" হায়বসিনা 'বেদ' অসি অরেপ্পনি। মথন্ত-মশানা মশাগী প্রমান

ওইজবনি হায়না মধ্বাচার্যশিংনা নিংই । প্রত্যক্ষ, অনুমাণ অমসুং শাব্দ প্রমাণ অহুম অসি লৌই । মথোয়গী মতা কর্ত্তা লৈত্রবা অরাবা চংত্রবা মপুং ফারবা সুংঙাইবা অহুবু মোক্ষ কৌই । মহুদি শ্রীবিষ্ণুগী থৌজান্দগী ফংঙি । মাগী থৌজান ফংদনদি মোক্ষ হায়বসি ওইথোক্তে । মাগী অথোইবা গুণশিং খংবা মাবু নিংজবনা থৌজান ফংই । মহু অসুম্না হায়রি :—

"তস্মিন্ প্রসন্নে কিমিহাস্ত্যলভ্যং
ধর্ম্মার্থ কামৈরলমল্পকাস্তে ।
তাশ্রিতাদ্ব্রক্ষতরোরনন্তা
নিঃ শ্রেয়সং মুক্তি ফলং প্রয়াস্তি ॥

পরমেশ্বর মানা পেনবিরবদা জগত্তা ফংঙমদবা করি লৈরি ? ধর্ম্ম, অর্থ, কামশিং অসিদি করিসু লৈত্তবনি । ইবুংঙো মাঙোন্দা চংজবনা ব্রহ্ম জ্ঞাণদগী হনবা অরান খুঙম ফংই ।

ইতি পূর্ন প্রজ্ঞম্



# নৈয়ায়িক দর্শন

ঔলুক্য দর্শন, বৈশেষিক, কনাদ, অক্ষপাদ, নৈয়ায়িক হায়বা মিংশিং অসি তর্ক শাস্ত্র ওাক্লনি। তর্ক শাস্ত্রদা মওং মঙা লৈ। মতুদি:— "প্রতিজ্ঞা, হেতু, উদাহরন, উপনয়, নিগম, আগম" কৌবা মওং মঙা অসিবু "ন্যায়" কৌই। "ন্যায়' সিবু খংবা অমস্তুং মসিদা হৈ-শিংববু নৈয়ায়িক কৌই। মথোয়গী মত্তা তত্ব খংবনা অথোইবনি। মতুদগী "নিঃশ্রেয়স মোক্ষঃ' ফংঙি। হায়বদি —"অরেপ্পা ওইনা অরাবা কোকলবা'। মতু তত্ব খংলবা তুংদা হেক্তা ওইবা নত্তে, ভৌইগুম্বস্তুং তত্ব খংবা হায়বসিনা অরাবা জীবশিংগী মপোক্তা তাইবংদা হন্না হন্না পোকপা শিবনচিংবা লেপ্তবা মওং অসি মুন্না খংলকপনা মমাংঙৈগী দোষশিং মথং মথং মাংহনা মোক্ষঃ ওইরকই। মিথ্যা জ্ঞান কোকলকই। মিথ্যা জ্ঞান হায়বদি —"আশা নত্তবা দেহ-হকচাংবু আত্মাগুম নিংবা অসিনা চিংবা ওইদবা লেপ-তববু অওইবা অরেপ্পগুম খনবসি মিথ্যা জ্ঞাননি মোক্ষ ফং-ননবা বিষয় ওইবা তত্তশিং অতুদি:—

"প্রমান, প্রমেয়, সংশয়' নচিংবা ১৬ লৈ হায়না গৌ-তমা হায়রম্মী। "কনাদ ঋষিনা তরেৎ খক্তা হায়। কনাদ না পুথোবখিবা তরেৎকী মনুংদা গৌতম গী ১৬ অতু মনুংচল্লি। মসি নৈয়ায়িকশিংনা য়ানরবনি। মরম অতুনা পদার্থ ১৬ নি হায়বশিংবু "প্রাচীন নৈয়ায়িক" কৌই। পদার্থ ৭ তনি হায়বা কাংবু অতুবু বৈশেষিক "নব্য-নৈয়ায়িক হায়রনৈ।

---

প্রমান, প্রমেয়, প্রয়োজন, দৃষটান্ত, সিদ্ধান্ত, অবয়ব, তর্ক, নির্ণয়, বাদ, জল্প, বিতণ্ডা হেত্বাভাস, ছল, জাতি অমস্তুং নিগ্রহ

বৈশেষিক কী মত তা পদার্থ ৭ (তরেৎ) কী মমিংশিং :—
"দ্রব্য, গুণ, কর্ম্ম সামান্য, বিশেষ, সমবায়, অভাব' কৌবা পোৎলম তরেৎ অসিনি। অহানবা পোৎলম দ্রব্য হায়বসি মখল মাপল শুই :—

১। দ্রব্য :— পৃথিবী, অপ, তেজ, বায়ু, আকাশ, কাল, দিগ, আত্মা, মমঃ (লৈপাক, ঈশিং, মৈ, মুংশিৎ- অতিয়া, মতম, মাইগৈ-আত্মা-পূক্লিং)

২। শুবা গুণ :— গুণ হায়বসি মখল ২৪ থোক্লা খাইদোকই মতুদি :—
রূপ-মশক, রস-মহাউ, গন্ধ-মনম, স্পর্শ-শোক্লবা, সংখ্যা মশিং, পরিমান-চাং, পৃথক্‌ত্ব-তোঙানবা, সংযোগ-তিনশিনবা, বিভাগ-খাইদোকপা, পরত্ব-তোপতোপ্পা; অপরত্ব-তোপ্পবা; গুরুত্ব-অরুম্বা; দ্রবত্ব-পেৎপা; স্নেহ-মহি লাংথোকপা; বুদ্ধি-অখংবা; সুখ-নুংঙাইবা; দুঃখ-অন্নাবা; ইচছা-অনিংবা দ্বেষ :— য়েক্লবা; প্রযত্ন-হোৎনবা; ধর্ম্ম-পুগদবা অচুম্বা; নীতি অধর্ম্ম-পুরোইদবা-চুমদবা; সংস্কার :— শেংদোকপা মখোয় অসিনি

৩। শুবা পদার্থ "কর্ম্ম' হায়বসি মখল মঙা শুই; মতুদি :—
"উৎক্ষেপণাবক্ষেপনা কুঞ্চন প্রসারণ গমনানি পঞ্চকর্ম্মানি ছনগৎপা-ছম্থবা-কোনসনবা-তিংথোকপা-চৎপা থবক মখল অসি কর্ম্মনি।

৪। শুবা সামান্য :— ইচম চম্বা হায়বসিদা পরং-অথোইবা "অপরং'—থোইদোক্তবা কৌবা মখল অনি শুই।

৫। বিশেষ :— নিত্যদ্রব্যশিংদা লৈবা বিশেষ - থোইদোকপা হায়বসি মখল মায় মাপ্পী মশিং লৈতে।

৬। সমবায় — থানদবা হায়বসি অমখক্তনি। মাদি নিত্য-দ্রব্যশিংদা লেংদনা লৈ।

৭। অভাব :— ওইদবা হায়বসি মখল মরি শুই, (১) প্রাগভাব: হায় ওইদবা। (২) প্রধ্বংসাভাব: মাংবা লৈতবা। (৩) অন্যোহন্যা ভাব: অমনা অমদা ওইব য়াদবা, ওই-দবা। (৪) অত্যন্তাভাব: শুকওই ওইদবা মখলশিং অসিনি। হায়ব্রিবা পদার্থ তরেৎ অসি "প্রত্যক্ষ-অনুমান শাব্দ' প্রমাণ অহুম্মা খংনগনি।

১। প্রত্যক্ষ প্রমাণ: ইন্দ্রিয়গা বিষয়গা নক্নবদগী খংবা জ্ঞামনি। ইন্দ্রিয় তরুক: মিং, নাকোং, নাতোন, লৈ-ষেং, উনশা, মন জ্ঞানে ন্দ্রিয় মঙা, মণ অন্তরেন্দ্রিয গা থারগা মখোয তরুক অসিনা মশক মচু, মনম খোংপ্লেল মহাউ অইং অশা খুদক্তা খংনরিবঙ্গ প্রতক্ষ প্রমাণ নি।

২। অনুমান প্রমাণ: তুইন্নদা খংবা তুংদা খংবা অহুবু অনু-মান প্রমান কৌই। মহুদি থবক্তা খুদম্মা মশক খংনবনি। মৈথু উরগা মৈ লৈরে খংনবসিনি। অনুমাণগী মমুংদা "উপমান' কৌবা প্রমাণ অমা লৈ। মহুদি: "পুকখ্রি অসিদি সমুদ্র শুম্মী।' হায়বসিদা পুকখি মনাক্তা সমুদ্র বু চাংদমহুনা খংনরি।

৩। শাব্দ প্রমান: শাস্ত্রনা তাকপা থাজনিঙঙাই ওইবা গুরুনা

৩৫

হায়বা শোয়দনা কংলবা অশেংবা অান অহুবু শাব্দ প্রমাণ কৌই।" অমসুং আপ্ত অমুকা ভাংবা এশিগীদমক্তা হায়বা বাক্যবু শব্দপ্রমাণ কৌই। বাইং-শাইরংগী বাক্যগুলীগী অর্থ খংনবা আকাংক্ষা অমসুং যোগ্যতা বৃত্তিক চাদনা, সন্নিধি নক্কনবা চুশিনবা অসিনা মরম ওই। বাহৈদা লৈবা শব্দগী মঙ্গল লক্ষ্য অর্থ খংনবি। শব্দশক্তি হায়রদি অভিধা অমসুং লক্ষণা মথম অহুম অসিগী। অভিধার্থ, লক্ষার্থ অমসুং ব্যঙ্গার্থ শক্তিশিং লৈ। "অশ্বং অসি নোংশানি।" হায়বা বাক্যবু অভিধা অশ্বংদু হায়বগা শিকলিবা নিপা মচাবু নোংশা হায়বনা অঙলদা লৈবা মখোং মরি পানবা তমথিরবা শা অমবু খংনৈ মসিবু অভিধা বৃত্তি কৌই। অহুবু নোংশানি হায়বা বাহৈনা অশ্বংগী খৌনা কবা কনবা খংনবনা লক্ষণা বৃত্তি লক্ষার্থ ওই। লক্ষণা অহু জহৎস্বার্থ মশাগী অর্থ থাদোকপা অজহৎস্বার্থ মশাগী অর্থ থাদোকতবা অসিনচিংবা মথম য়াম্না লৈ। হুদি:—

জহৎস্বার্থ – গঙ্গায়াং ঘোষঃ প্রতি বসতি"

গঙ্গা তুরেল্দা গোপনা লৈ। হায়বসিদা তুরেল্দদি লৈবা য়াদবনা মপাল্দা লৈবনি খংনৈ। অহুগুম্বা শল তংলে। শল না লৌ চারে হায়বসিদগী থৌরি ১মসুং কৌবু লসণা না খংনবি।

অজহৎ স্বার্থ মশাগী অর্থ থাদোকতবদা:—

"কাকেভ্যো দধি রক্ষতাং"—কাকশিংদগী শঙোম অকন্বসি ঙাকলম্মু। হায়বসিদা কাক য়াউনা শঙোম চাবা শা উচেক পুম্নমক্কী ঙাকউ হায়বা অসি লক্ষনা না খংনবি।

ব্যাকার্থ ঃ— অহনবা মুম্বিং তারগা মচা মগুদা হায় "ইচাশা ! মুম্বিং তারে।" অর্থবা মুম্বিং তারে মৈ থাঙ্গদলো হায়বনি থংবৈ। অসিগুম্না শকখিবদা "শকহেনবা" হায়বা অশোনবদা পাকনবা হায়বসিন্থ ব্যঞ্জনি।

পদার্থ তত্ত্বং অসি থংলবা মুরবা জ্ঞানগী অভ্যাসদগী অসিবা সংসারদু লান্নি। "তমেব বিদিত্বা ইতি মৃত্যুমেতি' ইতি শ্রুতেঃ।

ইতি ন্যায়



# জৈমিনি দর্শন

—)ঃ(X)ঃ(—

জৈমিনি কৌবা আচার্য্যগী জ্ঞান অদুবু জৈমিনি দর্শন কৌই। মাগী মত্তা "জ্যোতি ষেটাম কৌবা যজ্ঞ অমা লৈ। মদু তৌরগা স্বর্গ ফংঙি—লাইরৈ পাক কাই হায়বা অসিনা অরেপ্পা ১সুং অথোইবনি পুম্নমক খংবা; উবা, ১সুং শেম্বিবা নিয়ম তৌরিবা ঈশ্বর অমা লৈতে। মীওইবগী হকচাংগুম্না ঈশ্বরগীসু হকচাং লৈবনা মী লাই খেন্নদে। করিমা—হকচাং হায়বসি পোকপা সিবা নাই। দোষ অসি লৈবনা ঈশ্বর লৈতে। তৌইগুম্বসুং ব্রহ্মা-বিষ্ণু মহেশ্বর কৌবা লাইনি হায়বা অথোইবা খরদি লৈ মথোয়দা ঐশ্বর্য সম্পদ খর লৈ। মদুদি :—
"অথাপি বেদ হেতুত্বাদ্ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বরা :—।

**কামং ভবন্তু সৈশ্বর্যঃ সর্ব্বজ্ঞ্যং পুরুষেষু কিম।**

বেদগী বচননি ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর হায়বসি ঐশ্বর্য্যশিংনা তিল্লবসু সর্ব্বজ্ঞ ওইদে। মথোয়দা রাগ দ্বেষ-দয়ানচিংবা লৈবনা সর্ব্বজ্ঞনি হায়বা অরানবনি। প্রত্যক্ষ প্রমাণনা সর্ব্বজ্ঞঃ পুরুষ অদুগী তাকপা য়াদে প্রমাণ লৈতে।

"অপৌরুষেয় বেদ" হায়বা শ্রুতি বচননা দোষশিং লৈতবা ভগাবন অদুতনি সর্ব্বজ্ঞদি। মহাত্তি ইন্দ্রিয়শিংনা খঙ-ডম উডমদবনি। বেদ হায়বসি পুরুষনা লেংবা নত্তে।

সর্বজ্ঞ বেদন হাযবা অহ্না অখোইবনি। মানা হায়বা বাগ নচিংবা ধর্ম খৌ-মঞ্জ মন্ত্রনা লিংখাংখৌ কর্মকাণ্ডি বুঁইনা স্বর্গ কংহানি। যতৌ অশূন্যা হায়রিবা "বেদ বাক্য" অসিদা থাজখিবনা সাংখ্য নৈয়ায়িকশিংনা কল্পনা তৌরিবা 'ঈশ্বর' মু থজুদে উত্মুয়ে

অসিদা নৈসরিবশিং অমসি মথল অনি তাই :—

১। অভিহিতান্বয় বাদিনো ভাট্ট।—"জ্যোতি ষেটামেন স্বর্গ কামো যজেত" স্বর্গ পায়না জ্যোতি ষ্টোম কৌবা যজ্ঞ তৌগদবনি।

২। অন্বিতাভিধান বাদিনো প্রভাকরা— যজ্ঞ অসি কর্মদা তিন্নি থনবা মথোয় মখল অনিমক্তী মন্ত্র — শব্দশিং অয়েপ্পনি॥ বেদ থম্মনা অখোইবনি। স্বর্গ ফংবনা মোক্ষনি হায়বসি শব্দনা প্রমাণনি।

ইতি জৈমিনি

# "সাংখ্য দর্শনম্"

—):(X):(—

"দুঃখ ত্রয়াভিঘাতকে পরম পুরুষার্থঃ"

অৱাবা মখল অহুম মাংলবদা অথোইবা পুরুষার্থ ওই, মুক্তি ওই। অৱাবা অহুম হায়বতুদিঃ— আধ্যাত্মিক—মহৌশাগী ওইবা আধিদৈবিক লাইনা তম্নকপা অৱাবা, আধিভৌতিক ভুতশিংদগী ফংবা অৱাবশিং অসিনি।

আধ্যাত্মিক দুখদা— শারীরিক মানসিক হায়না মখল অনি থোকই। মানসিক পুক্নিংগী অৱাবদি— নুংশিবা কায়নবা নুংশিদবা তিন্নবা, অপাম্বা পোৎ মাংখিবা পামদবা ফংবা অসিনি

শারীরিক-হকচাংগী অৱাবাঃ— ঈ, নুংশিং, ধাতুগী লাইনা পোম্বা চিকপা নাবা খোংহাম্বনচিংবা অসিনি।

আধিদৈবিকঃ— লাইনা তমখিবা নোংখাং বজ্রনা থাদুনা শিবা।

আধি ভৌতিকঃ— ভুতশিং জড়ায়ুজ নাউয়োম য়াউনা পোকপা মী শা শল, অণ্ডজ মরুমদগী ওনবা উচেক লিনমচিংবা স্বেদজ মনিলদগী পোকপা হিক, কাং, মা, উদ্ভিজ লৈপাক থিনগাইদুনা পোকপা উ, উরি, তিংখং। হায়ৰিবা মখোই অসিদগী ফংবা অৱাবা পুমকোক কোকপা অহু পরম পুরুষার্থনি।

১ সিগীদমক তত্ব ২৫ সাংখ্য দর্শণনা পুখোকই ।

সাংখ্য দর্শণগী মত মরু ওইনা মখল অনি লই

১। সেশ্বরা ঃ— ঈশ্বর লৈ হায়বা অমা ২/ নিরীশ্বরা ঃ—ইশ্বর লৈতে হায়বা অমা । জীবদগী তোঙ্গা তত্ব ২৪ লৈ । প্রকৃতি ( মায়া ) হৱিল্লবদা পুরুষগী মহৌশাগী মশক্তা লেপ্লহ্ মোক্ষ অয়ান খুভম ফংবা কৌই । প্রকৃতি পুরুষ অনি অসি তোঙাল্লি খেৎনৈ হায়বসি হেক খংবদা মোক্ষ ওইরে । মহ্বু ন তত্ব খংবা হায়বহ্ । তত্ব হায়বহ্নদি মশিঙ ২৫ লই । কুনমঙা অহ্নদি ।

১। প্রকৃতি ঃ— পুম্নমক্কী মরু ওইবী মহৌশা কৌবী সত্ব-রজ-তম গুণ অহুমগী চাং ম্যায়বা ফিবমবু প্রকৃতি কৌই । মহাক অসিদি কনাদগী পোকলকপা ওল্লকপা ওইদে । মরম অসিনা মহাকপু ( মূল প্রকৃতি ) কৌনৈ । খরা অমনা বিকৃতি মশক হোংবা ওলবা ওই খরনা প্রকৃতি, বিকৃতি ওই । খরনা অনিমক শুকওই ওইদে ।

২। প্রকৃতিদগী "মহত্তত্ব' মহদহঙ্কার নচিংবা পোকলে ।

৩। মহদহঙ্কারদগী শব্দ তন্মাত্র পিকলবা খোঙ্গেল, স্পর্শ তন্মাত্র পিকলবা শোকপা, রূপ তন্মাত্র কুপ্লবা মশক, রসতন্মাত্র পিকলবা মহাউ, গন্ধতন্মাত্র কুপ্লবা মনম তত্ব মঙা অসি মথংশিংনা পোকলে । "অন্তঃ করণ' হায়বসি মহত্তত্বগী মীং অমনি । মন, বুদ্ধি, চিত. অহংকার অসুমনা থবক মথৌ খেন্নবনা মীং মথি থোকই । মহত্তত্ব অসিনা অহঙ্কারগী

প্রকৃতি পোক্লকল্লি। "মূল প্রকৃতি" অহুগীদি "বিকৃতি" মশক ওল্লবা মচানি। "অভিমান" হায়বা অসিন্দু "অহঙ্কার"গী অতোপ্পা মং অমনি। "অহঙ্কার" তত্ব অসি মহত্তত্বগী বিকৃতিঃ মশক হোংলকপা মচানি। তমগুণনা হেনবা অহঙ্কারদগী পঞ্চতন্মাত্র কুপ্লবা ভূত মশ্তা পোকই। সত্বগুণ না হেনবা অহঙ্কারদগী জ্ঞানগী ইন্দ্রিয় মগুা — মিৎ-নাকোং-নাতোন-লৈয়েং-উনশাগী অমস্তুং রজগুণনা হেনবা অহঙ্কার অহুদগী থবক তৌনবা কর্ম্ম ইন্দ্রিয় মগুা — খোং-খুৎ, চিন, অমাংথোং, ঈশিং থোং নচিংবা মন (পূক্লিং) পোকলে মরমদি অসিনি:— মহত্তত্ব বুদ্ধিদগী পোকপা অহঙ্কার অসি মথল অহুম থোকই— সত্বগুণ না হেনবা "সাত্বিকাহঙ্কার' রজগুণনা হেনবা— রাজসিকাহঙ্কার অমস্তুং তম গুণনা হেনবা—তামসিকাহঙ্কার, মখোয় অসিবু অমুমনস্থ হায়নৈ— "বৈকারিক-তৈজস-ভূতাদি।' অহুনা অকোন-অহান য়েংলগা অহানবনা "প্রকৃতি" অকোনবনা "বিকৃতি' ওই। অহুনা মহৎনচিংবা তত্ব তরেং:— "মহৎ অহঙ্কার পঞ্চতন্মত্র' অসিনা প্রকৃতি-বিকৃতি অনিগী মশক ওই। "তন্মাত্র' হায়বদি "শব্দঃ স্পর্শ রূপঃ রসঃ গন্ধঃ" গুণ মগুাগী থোইদোকপদি লৈত্রিবা চংকম তিনফমদি ওইবা ভূত মগুাবু তন্মাত্র হায়নৈ। শব্দ তন্মাত্রদগী অতিয়া, স্পর্শ তন্মাত্রদগী নুংশিৎ, রূপতন্মাত্রদগী মগুাল; রসতন্মত্রদগী ঈশিং, গন্ধতন্মাত্রদগী লৈবাক ওইরকই। অমুম্না মহাভুত মগুা পোকলে। মরম অস্নিনলি তমগুণগী অহঙ্কারবু ভুতাদি— (ভুতশিংগী অহানবা) হায়না খংনরিবসি।

মহাভূত মঙা অসিদগী কয়িগুম্বা অতোপ্পা তত্ত্ব অমঙা পোক্তে অহুনা মহাভূত মঙা অসি বিকৃতি ওাক্তনি। অসুম্বা সাত্ত্বিক অহঙ্কারদগী জ্ঞানগী ইন্দ্রিয় মঙা কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা, সংকল্প গী মশক ওইবা 'মন' ইন্দ্রিয়গা লোয়নবা ইন্দ্রিয় ১১ অমি পোকই। ইন্দ্রিয়শিং অসিসু বিকৃতি ওাক্তনি। মরম অসিনা 'উপাদান' লৌথোকফম ওইবা সাত্ত্বি কাহঙ্কারবু বৈকারি হায়না হায়নৈ।

"পুরুষ:— ঈশ্বর' অহুদি কনা অমগী প্রকৃতি ওইদে বিকৃতিসু ওইদে। প্রকৃতিসু হায়গী মহৌশাগী মশক্তা লেপ্পী মথন্তনি। প্রকৃতি মহদ্বুদ্ধি অহঙ্কার পঞ্চতন্মাত্র পঞ্চমহাভূত একাদশ ইন্দ্রিয়। পুরুষগা থারগা তত্ত্ব কুনমঙা অসিনি মতুমক সাংখ্য কারিকাদা হায়রি:—

"মূল প্রকৃতি রবিকৃতি মহদাদ্যাঃ প্রকৃতি বিকৃতয়ঃ সপ্তঃ।
ষোড়শকশ্চ বিকারো ন প্রকৃতি র্ন বিকৃতিঃ পুরুষঃ'।

মূল প্রকৃতি মরুওইবী মহৌশা কৌবী অসিদি, অবিকৃতি মশক কায়দে। মহৎনচিংবা তরেৎ প্রকৃতি—বিকৃতি ওই। তরা তরুক্না বিকৃতি ওই। পুরুষঃ না প্রকৃতি—বিকৃতি অনিমক শুকওই ওইদে।

হায়রিবা তত্ত্ব ২৫ অসি মোক্ষ ফংননবগী পাম্বৈনি প্রকৃতি পুরুষ অনিগী খেন্নবা খংলবদা হুন্দোকখিগদবা ওাক্তনি হায়বসি সাংখ্য গী অভিপ্রায়নি। পুরুষঃ অহুদি কর্ত্তা নত্তে, ভোক্তানি। অরেপ্পা অথংবগী মশকনি। অসিগুম্নবা প্রকৃতি·

পুরুষগী মথি অসি প্রকৃতি হত্তিল্লগা মাংত্তি খংনৈ। অ্যচেতন পদার্থনা চেতন পদার্থগী খনথা তৌবা উনরি। মহাগী উদাহরণ :— "বৎস বিংদ্ধি নিমিত্তং ক্ষীরস্য' শনাউ চাউনবা মানা চান্নবগী দমক শঙ্গোমনা থোকপগুম পুরুষ ভুক্তিগীদমক প্রধাননা প্ররত্তি ওই। শনাউ চাউরগা শঙ্গোম থোকপহু তোকখি। অহৃগুম পুরুষগী বিবেক জ্ঞান লৈরবদা প্রকৃতি হনজিলখি।

অমরোমদা প্রকৃতি পুরুষগী মরিসি খোংতেকপগা-মিৎ-তাংবগা য়েংনবা তেংবাংনবগুম্বনি।

"পঙ্ক্বন্ধবৎ পরসপরাপেক্ষা নিবন্ধন :।"

খোংতেকপগা মিৎতাংবগা তেংবাংনহুনা চৎমিন্নে। মহৃদি :— খোংতেকপা নিপানা মিৎতাংবগী লেংবান্দা তেংহুনা লম্বীগী অফ ফত্ত তাকুনা চৎপগুম মিৎতাংবী প্রকৃতিদা তোংহনা খোংতেকপা পুরুষনা চৎমিন্নে। মসিদগী লেপ্তুনা সৃষ্টিগা য়েনিং তত্তনা হুল্লি।

সৃষ্টি হনজিনবদি :— চৎমিন্নরিবা মিৎতাংবী প্রকৃতি খোংতেকপা পুরুষ অনিসি হেক কায়নবা তোগান্নবদা খোংতেকপনা লেংবা ভুন্দরে মিত্তাংবস্ু চৎপা গুমদরে। প্রমাণ অমরোমদনা কনাগুম্বী নিংতম্বী নুপীনা মশাগী মরাক অহ মাগী মপুরোইবনা উখরগা ইকাই অকিনা তিন্দুনা লোংখি। অমুক হন্না মাবু উহন্দরে। অহৃগুম পুরুষগী কান্নবা তৌরম্লবী প্রকৃতি হনজলখি— জগোই শাবীনা ষ্টেজদা থোকুনা জগোই উৎলম্লগা চংখিবগুম মহৃদি :— "রঙ্গস্য দর্শয়িত্বা নিবর্ত্ততে নর্ত্তকী যথা নৃত্যাৎ। পুরুষ্য তথাত্মানং প্রকাশ্য বিনিবর্ত্ততে প্রকৃতিঃ ॥"

সাং, কা, ৫৯

ইতি সাংখ্য দর্শনম

# শঙ্কর দর্শন

দর্শন পুস্তককী মরু ওইবা শঙ্কর দর্শনবু "দোস্ত দর্শন" হায়নৈ ।

সাংখ্য দর্শনদা মরু ওইনা প্রকৃতি পুরুষগী মশাক তঙ্ক অনিবু পুথোরখি । মহুদা প্রকৃতিবুস্থ নিত্যনি হায় । মহাক অসিবু "প্রধান" লুচিংবী কৌই । প্রধান ওইবী প্রকৃতি অসি "জড়" ওইরবস্থ চক্কুগী লৈপাক্লা কারণ ওইবগুম মহৎনচিংবগী মানা কারণনি হায় । তত্ত্ব কয়াংক লৈ । মথোয় অহু জীবগী অতোপ্পনি হায়না "পরমেশ্বর" বু য়ানরি । পরমেশ্বর অহুবু "ব্রহ্ম" "আত্মা" হায়বনচিংবা বাহৈশিংনা শিজিন্নরি । জড়গা জীবগা খেন্নবা, জীবগা ঈশ্বরগা খন্নবা অমস্থং পরিণাম ( মহুংগী ফল ) বুস্থ য়ানরে । মহুগী মথল তোঙানবস্থ অচুমবনি হায়বসিস্থ তশেংনা খংনরে । অহুবু শঙ্করাচার্য্যগী মততি তোঙাল্লি । অহুনা শ্রুতিদা হায়রি :—

"সজাতীয়ং ন মে কিঞ্চিৎ
বিজাতীয়ং ন মে ভবেৎ ।
স্বগতং চ ন মে কিঞ্চিৎ
ন মে ভেদত্রয়ং ভবেৎ ।

অমদুগী ব্রহ্মদা ঐশ্বর্য্য জাং মায়াগী জাং ইশাগনী ওইরা খেন্নবা লৈতে। সাংখ্য মত্ত মতুং ইন্না তশেংনবক থবাই পাবা জীব জাতগী থবাই পান্দবা পোংকা খেন্নবে। রামানুজগী মতম্তা ব্রহ্ম সগুণ ওইবনা খেন্নে। নির্গুণ ব্রহ্মদা খেন্নবা মখল অহুমথা ককথংলি। তশেংবমক্তি জীব-ব্রহ্ম অমি অসি অমত্তনি।

"নেহ নানাস্তি নেতি নেতি ——— ।"

জগত্তা ময়াম অমস্তুং কন্নিগুম্বা অমত্তা লৈতে। অবি-দ্যাগী অমম্বদা ময়াম ওইনা উবনি। ময়াম অহু অমথত্তনি. অমহু ব্রহ্মনি। "সর্ব্বং খল্বিদং ব্রহ্ম সব্রহ্ম ময়ং জগদ" ঐতদাত্ম্য-মিদং সর্ব্বং" শ্রুতি প্রমাণশিং অসিনা জগৎ অসি ব্রহ্ম মথক্তনা ওইব ন হায়না মাতবু শিংথারি। পুম্নমক অসি ব্রহ্ম অহুমক্তি। পুম্নমক অসি আত্মা অহুনি। অসিনা চিংবা শ্রুতিগী প্রমাণশিং অসিনা অমত্তু হেন্না চেংশিলহল্লি। মরম অসিদগী খেন্নবা মখল অহুম ককথংপসি অতোপ্পনা ওকয়া য়াদে। উন্নরিবা অচং চত্তা, থবাই পানবা পান্দবা জগৎ পুম্বগী প্রতিভা (জ্ঞান মখল অমা) লৈবহু কল্পনা তৌবা নত্তনা উপায় অমা লৈতবনা অমদি জ্ঞান অহু কল্পনা তৌগদবা ওই। মতুদি:— অমম্বনা চিংবা দোষ লৈবনা — থৌরিবু লিললি থম্মুই অর্দ্ধগুম্বা নিত্য শরীরী ওইবা থব ব্রহ্মদা থম্মুরিবা খেন্নবা ময়ায়া তিন্নবা জগৎ পুম্নমি মিথ্যানি। মান। তশেং তশেংনা মশক কায়রদনা অমস্তুং হোংদনা লৈবা ব্রহ্মগী মশক থংবদা পনহল্লি। মিথ্যা হায়বদি—"মইনি হায়না হান্না থওঙ্‌রগা পোংশক অহু ওইরবদবা

অহ্ মিথ্যানি। খুদম ওইনা — থৌরিদা অঙকপা অকাউবা দোষনা লিলনিং হায়না ছকলুই। মতুংদা থৌরিসি হায়না অচুম্বা জ্ঞান তারকই। লিন নত্তে থৌরিনি খংলকই। দোষ হায়বদি :— অরেপ্পা মশক মাংহুনা লেপ্পুবা মশক তাকলুবা, অওইবনি ওইদবনি খংগুমদবা ভাবকী মশক ওইবা জ্ঞান অহুনি মাবু "অবিদ্যা" হায়নস্থ কৌই। মহাক অসিমক্কা জগৎ পুম্বগী মূল কারণনি অমস্থং মূল জ্ঞান নিস্থ হায়। মহাকসি গুণ অহুমগী মশক ওইহুনস্থ সাংখ্য মতকী প্রকৃতি গুম্না নিত্য ওইদে লেপ্পে করিদগী মোক্ষগী মতমদা মহাক শোয়দনা মাংঙি। অহুনা কুরিগুম্বদমু জগত্তা অনিগী মতৌ লৈতে। ঈশ্বরনা মহাকী শক্তিবু মাগী গুণনা লোংশল্লি। শক্তি অহু পুথোকলগা উৎলম্মী। অমুক হন্না মমৈথংদা "বিশ্ব মায়া" হঙ্গিল্লি। "পরা" কৌবী মহাকী শক্তি অসি মখল মখা ওইবীনি" হায়না শ্রুতি শিংনা হায়বহু হায়রি :—

"স্বগুনৈ নিগুঢ়াং মায়া নিবৃত্তিঃ।
পরাস্য শক্তি বি'বিধৈব বিদ্যতে।

মথক্তা হায়রিবা বিশেষনশিংনা তিল্লবী অজ্ঞান মায়া অহুবু কোংদোক্লা তাকলি। তৌইগুম্বস্থং হায়খি্রবা অজ্ঞানহু "তত্বমসি" হায়বা মহাবাক্য অসিদা জীব-ব্রহ্মগী অমত্তনি হায়বসি পুথোক্লুনা শ্রুতিনা প্রমাণ ওইনা তাকলি। মতম অহুদা জীব ব্রহ্ম অনিগী খেন্নবসি তশেংবমক ওইরবদি লাইগী গুরু শগোলশেন্ন চিংবনা অমত্তনি হায়না য়ারম্লোই। মথোয় পুম্নমক্লা অজ্ঞান মায়ানা

জগৎ শেম্বনি হায়নিংদবনি মরম অহুনা জীব জড় নচিংবা জগৎ পুম্নমকসি অজ্ঞান মায়ানা করন ওইহুনা পরমাত্মা অহুদা কল্পনা তৌই। জগৎ অসি ওইরবা মিথ্যানি। অমত্তা ওইবা "পরমাত্মা' ব্রহ্মঃ অহুনা অরেপ্পনি। মরম পুম্নমকসিদগী পরমাত্মা অহুদা জগৎ পুম্নমকসি ঙাল্লি। হায়রিবা মত অসি "বিবর্ত্তবাদ" কৈশনবা হঙ্জিন হঙ্জিন ওইবা হায়বহুনি। মসি পরিণাম বাদনা মাদে। রামানুজগী অপাম্বা "সৎখ্যাত্তি' অরেপ্পা জ্ঞান স্নু নত্তে। তৌইগুম্বস্নুং মসি হায়ঙমদবা খ্যাত্তিনি। অসৎ-খ্যাত্তিঃ হায়বদি—থবক্কু অরেপ্পনি লেপ্তুবনি হায়ঙমদবা জ্ঞান অহু অসৎখ্যাতি কৌই। মহুদি :—কোঙ্গে্‌ংবু রূপাগুম থঙই। মহুনা অশেংবা রূপাদি নত্তে, লাপ্পা উবদা রূপাগুম্মী হায়হুনা রূপানি হায়ঙমদে, নত্তে কোঙ্গে্‌ংনি হায়বস্নু হায়ব ঙমদনা চিংনবা জ্ঞান পোকলে, করিনো হায়না ঙকলি। মহুমক হায়রি।

"সত্ত্বেন ভ্রান্তি বাধৌ স্তো না সত্ত্বে খ্যাতি বাধনে।

সদসদ্ভ্যা মনির্বাচ্যাহবিদ্যা বিদ্যেঃ সহ ভ্রমঃ।। ইতি।"

অওইবদা ভ্রমনা পলহনবা ঙমদে। ওইদবদা জ্ঞান পলহনবা ওইদে। অরেপ্পনি লেপ্তুবনি হায়ঙমদবা ওইনা অবিদ্যানা বিত্তাগা লোয়নননা ভ্রম তৌরি ঙকলি।

জগৎ অসিবু আদি লৈতবা (হৌরককম থংদবদগী অজ্ঞান্না মরু ওইনা হায়ঙমদবা অহুমক ওইরে।) মহুদি :—থংনরিবা উনরিবা জগৎ সসি অরেপ্পা নত্তে। জ্ঞানগী মিংস্নেংনা মসিদা অপনত্তা লৈতে। অহুবু লেপ্তুবা হায়বহুস্নু ওইদে। জ্ঞানগী

মমাংদা শ্রীখোয়না খংদবনিনি। মরম অসিনা অয়েগী অহুদংগী জ্ঞান অসি ওইরকই হায়বা হায়রগমদে। পুম্নমক অসি মুন্না কুপ্না থিজিল্লগা মাণ্ডুক্য উপনিষদ্না হায়রি :—

"মায়া মাত্র মিদং দ্বৈত মদ্বৈতং
পরমার্থত : ।" ইতি।

স্বপ্না মায়া মকুনা অনি থোকপনি। তশেংবদি অনি থোক্কে হায়বনি।

মত অসিদা মকুওইবা "অবিদ্যা" (অজ্ঞান) অসি হঙ্গিল-লবদা মশাগী মক্রুবা মশক ফংবহ্ (মোক্ষ) অয়ানবা ফংবা কৌই। অস্নুম্না অতং অখম লৈতনা অনাদি কালদগী অমদি ভাবকী মশক ওইবী "অবিদ্যা'না তৌরিবা সংসার চক্র অসে অকোন অহানবদা "বীজাঙ্কুর বৎ" মকুগা পান্নীগা করম্বগা হানবা ন্যায়গুম প্রধান পরমাত্মা অনিগী আদি হায়রগমদে। অবিদ্যা মশামক্তা পরমাত্মা ঈশ্বরদা মিথ্যা ওইদবহ্ অওইবগুম শেম্মী। থৌরিবু লিলগুম উহনবসি অবিদ্যাগী দোষনা ঙকহল্লবনি। দোষ পুম্নমক কোকলবা থোইদোকপা লৈত্রবা অমত্তা ওইনা পুম্নমক্তা শিন্থ্না লৈবা 'মনিরসন সূত্রবৎ" মনি লেংবা লংগুম্না লৈ। মহাক্তি :—

নিত্য শুদ্ধঃ মুক্ত নিত্যজ্ঞানানন্দঃ স্বয়ং জ্যোতি রূপং।' শেংলবা, খংলবা, লাম্হোকলবা, অয়েম্না অখংবা মুংঙাইবগী শক্লক ওইবা অমখক্তা ঙাইরবা মঙালগী মশক "ব্রহ্ম তত্ত্ব অহুবু :

"তম্ নভাষয়ন্তি চন্দ্র সূর্য্য :

তস্য ভাসা সর্ব্বমিদং বিভাতি ॥ ইতি উপনিষদ্ ॥ হুমিং থানা মাবু ঙালহন্দে । মাগী মঙালতনা পুম্নমক ঙাল্লি। ঙালহল্লিবা মাবু পুথোকপা "অদ্বৈত বাদ শঙ্কর দর্শন অসি মক্না অতোপ্পা দর্শনশিংবু জয় তৌই ।

ইতি শঙ্কর দর্শনম্



# শৈব দর্শণম্

—:(×):—

পশু পতিঃ মহেশ্বর না জীবশিংগী মুক্তিগীদমক ত্তাকপিবা যোগবিধি অহুবু শৈব দর্শন কৌই । শৈব দর্শনগী মত অৱাবা পন্দোম্নগী মশক তত্ব ৫ থোকহল্লি । পাশ পশু, পশুপত্তি, যোগকারনম্ অবিদ্যা ।

"ব্রহ্মাদ্যাঃ স্তম্ব পর্য্যন্তাঃ পশবঃ পরি কীর্ত্তিতাঃ ।

তেষাংহি নায়কো যস্মাচ্ছিবঃ পশুপতিঃ স্মৃতঃ ॥ ইতি ।

ব্রহ্মাদগী তুম্বো ফাউবা পুম্নমক অসিনা পশু শা কৌই । শা সিংগী মপু অহুবু পশু-পতি কৌই । নুংঙাই মাইকগী

শক্তম্, শিব হায়—মসিদা লৈরিবা জগৎকী লেংঙি পালিবা পোং পুন্নমক কার্য্যনি খুংশেম্নি। খুংশেম নত্তবা কারন হৌরককম না ঈশ্বরনি। মহাক্তি নিংতম্বনি মাহু ফংনবা যোগ ভস্ম স্নান নচিংবা ব্রতবু যোগ কৌই। মহুদি :— "চিত্ত বৃত্তি নিরোধঃ যোগঃ" যোগ সূত্রে। থম্মোইগী মনগী মচং থিংববু যোগ কৌই। "যম, নিয়ম. আসন প্রণায়াম, প্রত্যাহার, ধ্যান, ধারন সমাধি' অসিনা পুরুষার্থ ওই।

শৈবদর্শণদা পশু জীববু পুল্লিবা থৌরী "পাশ' বু নাম্বোক্লবা গীদমক তত্ব ৬ লৈ মহুদি :— পতি, বিদ্যা, অবিদ্যা পশু, পাশ অমস্তুং কারণ; মথলশিং অসি থংলগা অয়াবা কোকই। মহু করিনো ?

১। পতি :— শিবঃ ঈশ্বরবুনি।

২। বিদ্যা :— অথংবা শক্তি তত্ব জ্ঞানবুনি।

৩। অবিদ্যা :— ওইদবা মিথ্যা জ্ঞান

৪। পাশ :— পুন্নবা থৌরি ফত্তবা কর্ম্ম; মায়া মোহ কাম ক্রোধ নচিংবসিনি।

৫। পশু :— জীবশিং

৬। কারণ :— অপুনবা কোক্লবা জপ তপ ধ্যান নচিংবসিনি।

মহুমক হায়রি :—

"পতি বিদ্যে তথাঽবিদ্যা পশুঃ পাশশ্চ কারণম্।

তন্নিবৃত্তাবিতি প্রোক্তাঃ পদার্থাঃ ষট্ সমাসতঃ। ইতি।

হায়রিবা তত্ত্বসিং থংবদগী অপুনবা কোক্নুনা শৈবত্ত্ব কংঙি। জীব মশেল অমনা অমদগী তোঙাল্লবস্মু 'পরমেশ্বর' অহুদগীদি তোপ্পে। জ্ঞান লৈরবদা তত্ত্ব থংদবদা জীব-ঈশ্বর অনি অদি খেন্নদে। জীব-ঈশ্বর ম্যামৈ থংবদা 'প্রত্যাভিজ্ঞা' কৌবা জ্ঞানগী মরু ওই। মহূদি—"অহমীশ্বর এব ন তস্মিন্ন"।

ঐমক ঈশ্বরনি, ঈশ্বর মতোন্দগী তোঙান্দে। অস্নুম্না তশেং তশেংনা থংবা জ্ঞানতনা মঙ্গল ওইরবা মোক্ষবু কংঙি। তৌইগুম্বস্মুং ঈশ্বরগুম জীবগীস্মু চৈতন্য-জ্ঞান স্বরূপ ওইনা ঙাম্মোকই। অহুগুম্নবা মপুং ফারবা জ্ঞান স্বরূপ 'প্রত্যভিজ্ঞা' না আত্মজ্ঞান ওই। আত্মা থংবনা মোক্ষনি।

ইতি প্রত্যভিজ্ঞা শৈব দর্শনম্

দর্শন মালা সমাপ্তা

